# ৱারোল খরা

সংসার অসিদা লৈনা লৈনা লৈকম লৈতবা, শুনা-শুনা চরা হেল্লিবা, মুংঙাই য়াইকবা কয়াগী শীংজংনা মচেং মচেং থায়দোক-পিরবা, মখোয়গী লু-তোং কয়াবু অৱা মৈশালক্তা কৌথুনা কংলবা পুন্সি কয়া কয়া .... .... অদুগা সোয়োক্কী চিদাইদা .... মুং থুগাইফমদা, চীংমুং মানথুংদা চীংলম্বী ককফমদা, জুগালি ওইথুনা হাজিরা শুফমদা, সহরগী মান থাংফমশিংদা শেপ্পাও পায়বা কয়ানা থারিবা তমথিরবা মৈমুংদা মতুপ মতুপ ইনশিন্দুনা থাজিন-বিরিবা মী কয়া কয়া অদুনি "অকংবা শীঙ"। শেপ্পাও পায়ব-শিংনা লাইথুং পকপগুম শয়নিংদবা, শয়নিংদ্রবরা হায়রবসু মখোয়গী মশাদা নপতুনা ঈ চুপথোকপিরবা লায়রবা কয়াদুগী living অমসুং economic condition অদু উৎচগে হোৎনজবনি। লিলা অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা Manipur State Kala Aka-demi দগী মতেং নিজক্লবদা শেনথং ওইনা লুপা ১,০০০'০০ (লুপা লিশিং অমা চাম্মা) মতেং ওইনা পীবিরকপগীদমক্তা Akademi গী মায়কৈদগী পুন্সিগী ওইনা শিংবা ওয়্নরোইদবা লমন অমা তোনশিনজরে।

চৌংথবা শামু
নম্বোল।

**The Manipur State Kala Akademi** না শিন্দুনা নম্বোলদা পাংথোকখিবা **Regional Drama Festival 1980-81** দা **The Khoriphaba Artists' Assn. Nambol** গী **artists** শিংনা শরুক য়াখিবশিং।

## নুপাগী শক্তম্দা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ইবোয়াইমা | — | খোইজম রনবীর, |
| ২। | মঙ্গি | — | চান্দম মধুমঙ্গোল, |
| ৩। | সুরেন | — | মাইবম ঘনাশ্যাম, |
| ৪। | অচৌ | — | ভাতোম ইবোথোইবা, |
| ৫। | ইবোহল | — | লুক্রামচা শরৎচন্দ্র, |
| ৬। | তোম্বা | — | সাইরেম নেহরু |
| ৭। | অহল | — | থাংজম শান্তি |
| ৮। | শিল্পীশিং | — | লোবেন্দ্র, শ্যাম, শিংহজিৎ, মনি, অসিনচিংবা। |

## নুপীগী শক্তম্দা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | কেতুকী | — | পেবম চনু বীমোলতা |
| ২। | তম্পাকলৈমা | — | থাংজম চনু মেমপোই, |
| ৩। | লৈপাকলৈ | — | কোনসম চনু কুঞ্জরানী, |

## অতৈ মতেং পাংবশিং

| | | |
|---|---|---|
| লাইট | — | লাইশ্রম মনাওয়াইমা |
| মিউজিক | — | সাগর |
| তম্বীবা | — | লাইফ্রাকপম ধনঞ্জয় |

পুথোকপা—**The Khoriphaba Artists' Assn: Nambol.**

# অকংবা শীঙ

## নুপাগী শতমদা

১। ইবোয়াইমা :—লৈত-লাইরা, অৱা অনং কয়ানা নৈহংপিরবা চহি ২৫ রোম শুরবা নহা অমা।
২। মঙ্গি :— ইবোয়াইমাগী মরুপ চহি ২৫ রোম শুরবা নহা অমা।
৩। অচৌ :— চহি ৩৫ রোম শুরবা ইবোয়াইমগী মযাম্বা।
৪। সুরেল :— চহি ২৫ রোম শুরবা নহা অমা, ইনাক-কৈরাক খুনবা ঠীকাদার মদলমহলগী মচাম্পুপা।
৫। ইবোহল :— চহি ৫০ রোম শুরবা শেঙ্গাও পায়বা অমা।
৬। তোম্বা :— ঠিকাদার মদলমহলগী থবক তৌহনা লৈবা চহি ৩০ রোম শুরবা নহা অমা।
৭। অহল :— মান থাংবা অহল অমা, (চহি ৫০ রোম শুরবা) (মান থাংবা থবক শুবা শিনমী থরা)

## নুপীগী শতমদা :

১। কেতুকী :— চহি ২০ রোম শুরবী ইবোয়াইমাগী মচল।
২। লৈবাকলৈ :—চহি ৩০ রোম শুরবী অৱা অনং কয়া মাইয়োকনরবী ইবোয়াইমাগী মতৈমা।
৩। তম্পাকলৈমা :— ইবোহলগী মুপী।

# অকংবা শীঙ

## অহানবা তেঙ্কক
### ৩বা উংপা

মকুম—অচৌগী য়ুম
মতম—নুমিদাংবাই

(হাতে হাতে তান্দুনা চাজবা থবক শুবা লেবর কয়ানা মপুমদা মথং মথং হন্নরকপা মতম। অচৌ ব্রানা থবক শুকবদগী হল্লকই। মরু লেম্বনখৈ শুজা-শুজা, নোমজ-নোমজনা নোংমগী চানবফাও ফংজিল্লক্রুবসিদা লাঞ্জাও অমগুম থেংনরিবা হিংনলবগী লানফনসিদা ভমথিনা শোক্রুবগুম অব্রাবা চৈনাখোল খাংবগী মমি অমা মাইথোংদা তপ্না তপ্না তাশিল্লকই। তৌকম খংদনা হঙ্গৎ হন্দা চংলি। ইবোয়াইমা হেক চংলকপগা মফম খংদনা হায়দোকখি)

অচৌ—ইবোয়াইমা! হৌজিক লাঞ্জাও অসে কনশিল্লক্রুবনিনা

ঐখোয় লাঞ্জেলনবা তৌবনা ফৈ।

ইবোয়াইমা—করম্বা লাঞ্জাওনো তাচৌ? হৌজিকপু লাঞ্জাও থোক্লবদি মী অমত্তা হিংগদবা লৈতরে।

অচৌ—মী লোইনা শিগদবা নত্তেনে, চানিংঙাই-থকনিংঙাই লৈতবা নখোয় ঐখোয়তনি শিগদবা।

ইবোয়াইমা—অদুবু অনৌবা করম্বা লাননো তাচৌ?

অচৌ—(খরা কল্লপ) হিংনবগী লান! হিংনবগী লান! পুক্কি লানফমদা শোক্লরিবা হিংনবগী লান! ইবোয়াইমা ঐখোয়গী পুক্কী লানফমসিদা অরাম খৌরাংবা কয়াগী বোমনা পোথাইদুনা চাকখাও অসে প্রোক প্রোক চাকলে। য়েংঙোই অদুনে হৌজিক কদায়দনো অমা লানজেলনবা তৌদ্রবা য়াদ্রবনি।

ইবোয়াইমা—অদুবু তাচৌ লাঞ্জেলগদবা মফমদুবু কদায়দনোনে?

অচৌ—চীংনুং মানুংদা, চীংলম্বী ককফমদা, শোরোক চিদায়দা নুং থুগাইফমদা, লম্বী থোনফম কোইলাস থাফমদা নত্রগা জুগালি ওইদুনা হাজিরা শুফমদা ........।

ইবোয়াইমা—অদুসু তাচৌ লানজেলফম নত্তে। হিংনবগীদমক ঐখোয়গী লু-তোং, শরু-শয়াং কয়ানা অকনবা লান শোক্লরিবা তমথিরবা লানফম ঙাইহাক্তনি।

অচৌ—উম মদুসু লানজেনফম নত্তবা। (ঙহাক তুমিন লৈরগা)
"হিংনবা চাবনি চানবা হিংবা নত্তে"। (করেম্ননা নোকপা)
"হিংনবা চাবনি চানবা হিংবা নত্তে" অদুবু ঐখোয়গীদি

হিংনবা অহুগীফাও চানবা অহুবু কদায়দনোনে ? হিংনবগী অহুগীফাও চানবা খজিক্কফাও ফংদহুনা ঐখোয় কংহুনা শিবা তাই ....... ।

( মপান্দগী গাড়ী মখোন অমা তাই, ব্রা ঙাংবা লেপই )

স্থরেন—( মনুংদগী ) ইতৈমা য়ৌরবা নব্রা ?

লৈবাকলৈ—য়ৌরে য়ৌরে। ইবুংঙো অস্থম লৈহৌরগে, ব্রারৌবা য়াদেকো ! নংনা ব্রানা হেক থিনবিরক্লে ।

স্থরেন—হেব্রা করিগী ব্রারৌরুদগে । কেতুকী চৎলগে ( গাড়ী থৌখি )

কেতুকী– ফনি তামো, স্থম লৈজহৌরগে ।

(লৈবাকলৈ, কেতুকী চংলকই )

অচৌ— ( লৈবাকলৈদা ) ঙসিদি মোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা উইদা, ব্রাখল য়াম্না নুংঙাইমালে। নত্তে গাড়ীহুবু কনানোনে ?

লৈবাকলৈ—হেরা করিস্থ তৌপোৎতেদা । ঐখোয়গী ঠিকাদার মদলমহল হায়বা অহুগী মচানুপা স্থরেন হায়বহুনি । থেংব্রে নুংঙাইতে হায়হুনা থিনবিরকপনি, য়াম্না ফবা মীনিদা ।

অচৌ— কয়াম ফবা মীনোনে ? লৈবাক্কী নব্রগা সমাজগী করি করি অফবা থবক তৌরবা কয়াম ফবা জাৎনোনে, নখোয়বু অতম্ননা থিনবিরকইহুবো ?

লৈবাকলৈ—করি তৌরগে চুম্না থিনবিরকপহুবো । মবুক ক্ষত্তবগী হৌনবা নাতৈ চাদবা খোইদৌ শাওগৎপঙাক হায়রক্কদবনি ।

অচৌ— খোইদৌবুদি শাওগৎলনি অহুবু নাতৈ চাদবদি নত্তে ।

ঐনা হায়বদি চুম্না অকবা মীবু ওইরবদি ফৈ হায়বনিদা নত্তে অফবগী করি করি মনা ফংলবা মীনোনে ?

লৈবাকলৈ—( খোইদৌ শাওগংনা ) খংদ্রে খংদ্রে অতু য়ৌরবদি। অতুদি মখোয় তাচৌ হেক হংবিকরে। নুমিং চুপপা অমা লৈঙাই নুংচাক পেকপদা হকচাংসে কেম্লবা অতুগা ঙাইহাক হঞ্জিল্লকপদসু পোৎথাফম ফংলোইদবদি। ঐদা হেক শিগ্রগা খংগদবনি। (কপ্লি কপ্লি ইমুংদা চংখি কেতুকী ইন্নখি )

হচৌ—( মঙোমতা ) অং চুম্ম'। লায়ববা ঐখোয়না ইজংকী রাক্ষম অতুক কল্লা থিগংফম থোক্কে। মরমদি ইজং, শাইরবা তিনশিন্নবা শুকয়া য়াদ্রবা অঙ্কনি। তিনশিন্নবদি লায়রহুনা ইজংগা হেক নকশিন্নরুবদা ঐখোয় কংহুনা শিবা তাই। ঐখোয়দি পুক্নীদমক ইনাকখুনবশিংগী মখোং মখুত্তা নপপুরিবনি। থবক শুহুনা পৈশা তানবা তারবসু মখোয়গী থবক শুবা তাই, নিবা তারবসু মখোয়দগী নিবা তাই। অসুম্না ঐখোয়গী হিংনবগী চুপ্পাদি মখোয়না পায়রি। ঐখোয়গী ইজং, ঐখোয়গী সনমান তঙ্খায় অমা মখোয়না মুনখিবদা ঐখোয় শাওকম লৈতে, শাওফম লৈতে। ( চংখি )

ইবোয়াইমা ( মতোমতা ) চাক্লিবা মৈ। সমাজ অসিগী নুংদা চাক্লিবা মৈ! নংগী মৈনু'দা নুংঙাই য়াইফবা মখোয়না

সিগুম লৈমায়সিদা লেপকনু হায়রক্লবদি ঐখোয় কদাইদা লৈগদগে হায়য়ূনে ?

মঙ্গি— অ ( নুংশা শ্বর মপি হোন্দুনা ) উম অদুমনা লেপকনু হায়রকলগনা খোঙ লৈপাক তাদবা য়াবা উপাই থিবা তারেদনা । '

ইবোয়াইমা—অং পাইদুনা লৈবা তাই। সংসার অসিদা লৈনা লৈনা লৈফম লৈতবা মী কাংবু অমা পাইদুনা লৈবা তাই।

মঙ্গি—মরুপ মসিগী রাশি তোক্লসিদা। পাও অমত্তা হায়রমগে লাকপনি ! অদুবু নংগী ননাক্তা হেক চংলকপদা থম্মোইশে নিংবা থুংদবা কয়াগী লায়েনা পোপ পোপ হেক য়ৈথাই-রগা হেক্তা হনবা।

ইবোয়াইমা—করি পাওনো ?

মঙ্গি—খুরা ইবুঙোনা হয়েং অয়ুক ঙন্না য়ৌরকউ হায়রকই। অদু হায়রমগে লাকপনি !.

ইবোয়াইমা—করি তৌগদবা লৈ অয়ূক ঙন্তাদি ?

মঙ্গি—পোৎ খরা হোরেল মুমিদাং থুংলগনি হায়। মতু লৌথ-হৌনবা ওইরমান্নে। য়াম্না ঙন্না গাড়ি অমুক থাখিনি হায়। ফরে অদুদি ঐস্থু অমুক য়ৌগ্রগেনে ।

( চৎখিবা )

ইবোয়াইন্না—ফরে স্থম লৈহৌরগে।

(মতোমতা) মান পুবা, গাড়ীনা হেক থুংলবগা ঐখোয়বু কোইকৌ কৌনরিবা পুন্সি। মান হাপকংপা মান থাংবা। ঐখোয়গী নঙ্গন্দা পোহ্না পুরিবা বোড়াখাও। অরাপ্পদগী ঐখোয়গী নঙ্গন্দা তোংঙুরগে খন্দুনা লাকইবা বোরা-খাও ........। হাঃ হাঃ হাঃ নোম-নোম শগাই তোং......মান য়াওবা বোরাখাও কয়ানা ঐখোয়গী নঙলদা তোংহ্না নুংঙাইনা শান্নরিবা ... নোম নোম শগাই তোং হায়না....।

***Light off***

## অহানবা তাঙ্কক

### অনিশুবা উৎপা

মফম—ইবোহলগী য়ুমগী গোদাউন

মতম—অহুক।

( টেবল অমা চিয়ার অমা লৈ।

মনুংদা গাড়ি মনিং হন্দোক হনজিন তৌবগী, মান থাদবগী মখোল কয়া তাই )

ইবোহল—( মনুংদা ) ইবোয়াইমা মফি নখোয়বু খাল্লা উন্না লাকপা য়াদবরো। গাড়িগী অম্বা উন্না চংখিগদবনি হায়দুনা অদুক মুন্না শিন্নপ্রগা। পরপ পরপ তৌনি। গাড়িসে থরা থুনা থাদোকখিনবা .. ...।

( ইবোহল মফি-মরোল নান্না শেংলি। চে চাং য়াঙবা ফাইল অমা মখুত্তা পাইরকই। শাওরংননা ডাং ডাংদুনা থোরকই) থবক্না শুনিংদ্রিবা, পৈশা পাইবা, নুডাইবনা পামলিবা। ঈশ্বরনা অতনবশিংগী শরুক থুংদে হায়বসে করিমত্তা থংদমাল্লেনে। মখোয়সিনবু চারা হেন্দনা কনানা হেনগদোরিবনো ...।

ইবোহল চিয়ারদা ফম্মগা ফাইল ফাক্তোকতুনা চে চাং কয়া য়েংই।

ইবোহল—( মতোমত ) থংনবা কা অসিস্থু হাংদুবা লৈরিবনি।
মথংগী পুরব্বদবা মান অসিনা মসিদা থম্বা তাই।
( তম্পাক চংলবই মখুত্তা য়েনশাং নাপী খয়া, অচৌবা ঙা অমা পাইরকই )

তম্পাব—করিনোমে মাই পাবুং! মানশিং অসিনা শোমলোমদা লোইনা পুশিল্লবইবসিনে। দুকান্দস্থু খরদি থম্বা ফৈ। হায়েংনে লোন্না পৈশিন্দুনা থম্মীগা অদু তৌইগা হায়দুনা মী যবনা শিংসিনা পাঙ্ইনা তংক হায়জিন্নরক্কনিকো। অমুকস্থু লৈবাক ব্লাথোক ওইনখিবদো ঐদি পংকিদা কিজথরে।

ইবোহল—অদুগীবু নংনা ব্লাবিরিববনে? হন্দাক্তি ঐনা শোইদনবা পুন্নমক শিন্দুনা লোইরবনি। কারবারব্রালা মনা মশুশিং অসিনা পোৎ ফংনরক্ত্রবা কান্দা তুমিন্না পুলপ পুলপ অদুম লৌজগ্রগদবনি খংঙবরা! ইবোহল ঐনা তৌবা থববপু ইব্লাই লাইনা তৌগদ্রা। ঐনা অস্তুক বন্না হোৎ-নবসি নখোয়দি করিমত্তা খংদবনিনে। নৎতে! নচা নুপীহু উরমদে বদায়দা চৎথোকখি? নখোয় নমা নচাসে ঙাংনগদবসিদিনে!

তম্পাব—করি তৌরবগে? মরাইনা লৈজরমগনি।

ইবোহল—করি তৌরগে নৎতেনে। নচানুপীদো চৎথোকহনবা য়াদ্রবনি খংউ। ঐনা অদুক বন্না ঙাংবস্থিবু করিমতা ভাব তাদ্রো নংবো। ঐখোয়না মখোয়গীদমক্তা ব্লাবসে

ওস্থোক্লা ব্লাগ্লবা। ঙাইহাক্তং উদবদা নিংদোলসে চোং-লিবনি। মী অমত্তা ফি ফজবা শেৎলগা ইমুংদা লৈনিংপোৎতে উৎথোকনিংলিবনি। অদুম হায়না মখোয়না ফরবদি মাইসে পাক্লিবা মখোয়না ফত্রবদি মায়সে থম্ফম লৈতে। নৎতে মমা নংনা হেন্না ঙাংনবা ব্লাগ্লে। জ্ঞান তানা ঙাংনসি ফম্মুনে।

তমপাক—করি ঙাংনসি হায়রিবনো?

ইবোহল—ভাব তাউ মমা। মশানা য়াদে অদু তৌদে হায় হায়বদো য়াবা নৎতে হায়য়ু। মমা মপানবু মচাগী ফংতনবা তৌবা হৌনদে। মথক্তা মবুং অমা লৈত্রবা মথাদা মৌপন্না অমা তাদ্রবা ঐখোয়গী হায়ববু মানা নুংঙাইজহৌরগা লোইংবনি। ঠিকাদার মদলমহল হায়দুনা মীগীদি কোন্নুং-দৌনা পাল্লিবনি। মাগী মমৌ ওইদনা ইচানা কনাগী মমৌ ওইগদৌরিবনো?

তমপাক—অদুদা মাগীদি লাইরিক তমখিনি সিনিনে।

ইবোহল—লাইরিকপুদি মানা তমনিংবমখৈ তমশন্নু কৈনো। মীগীদি মানা তমনিংবামখৈ তমহননি হায়রিবনি।

তমপাক—অদুনিনে ঐনা নুপীমচাদা হায়জরিবস্নু।

ইবোহল—অদুগা মচানা তলব চারগা নুংঙাইনি হায়দুনা লৌ-ইংখোল য়োম্থোকতুনা লাইরিক তমহন্নরিবা অদুগা মচা-শিংনস্নু ঐ তলব চারকখিনি খন্দুনা মশা মশাগী ফিভমদি

য়েংদনা লাইরিক্তা পংতমদা তমনরিবা অতুমা অপংবা মীনা তৌগদবনি।

তমপাক—ও ! লাইরিক তমহনবশে অপংবা মীনা তৌগদবা ওইরে।

ইবোহল—নংতেনে। লৌ-ইখোল য়োম্থোকতুনা তমহল্লগা ফেল ওইরবদি ! অতুগা পাস তৌরবসু থবক ফংদ্রবদি করি চাগদৌরিবনো হায়বা ? শোয়রবদি অমংতা শোয়বা য়াদবনিনা ইমুং মনুং পুল্লপ শোয়মিন্নগদৌরিবনিনে। অতুনা খুদোংচাবা হায়বশে পাক হেক ফংবা য়াদবনিনা হৌজিক হৌজিক মাং মাংদা তারিবা অসে মাংহনবা চুমদে।

তমপাক—অতুদা লুরিববু মাই পাবুং, লাইরিক তমলিঙৈসিদা লুহোং কৈহোংবগী ব্রা পল্লকনু হায়তুনা পংশাওদা শাওব-সিদা .... ... ।

ইবোহল—( কপ্পা লাওবা ) হে সোনো।

তমপাক— ( খংতুনা ) কৈদৌরগে ?

ইবোহল—ঐনা ঙসাই মখৈ পেরে কাবমখৈ হায়বসে মনাদা শুকহাপ হাপলমদবনিসে।

তমপাক—খংদ্রে খংদ্রে। মপানা মরোল অমা মীরোল য়াওদেগা আঃ শোনোনিগা, মচানা মরোল অমা অঙাওবীনিগা, জ্ঞান তাদেগা, করিনো ঐবু পুমঙাও ঙাওরদৌনা। ঐঙোন্দা শুকহায় হায়বিরকনু। ( থোকখিগে তৌই )

ইবোহল—ঙাইখোনেহে। ইহে করিনোনে মসি মুপীসিবো।

তমপাব—বৈদৌরগে ঐঙোন্দা শুবহায় হায়বীরব্বনু হায়রগা।
নপা নচা জ্ঞান তাবা ঙাক্না ভাব তানা ঙাংনজবা ফত্রো ?

ইবোহল—নত্তেনে ঐ চৎথোক্কদৌরিবনিনে।

তমপাব—মাই পাবুংনা চৎথোক্কদৌরগা ঐবু করি তৌ হায়রিবনো ?
ঐবু শেন্নৌ হায়রিবরো ?

ইবোহল—ইং মসি ঙসিনে। থবক ময়াম অমা পুমহিং হিংনা লৈরিবশে করিমত্তা উদ্রবরো নংবো ? চৎলুনে ইবো-য়াইমখোয়, মঙ্গিখোয়দো অমুক্না কৌরম্মুনে। লম-তু শিংশে শেংদোক খোংতোক তৌহল্লমনবা। তৌজিক অতু-অদাগী মতম নত্রবনিনে। ( তমপাক থোকখি )
( মতোমতা ), তৌগদবসে লু প্রদা ইংনা জ্ঞান কানা তানা ঙাংনবা য়াবসিদা পংশাঙদা শাঙগংনহুনা ব্রা অমত্ত মেন তানা ঙাংনবা য়ারোইদৌবনি। ঐনবু অকবা থবক অমা তৌগে নিংখৎলব্রবদি অসি মঙাইরগনি। ( শাঙনা লৈ ) ( ইবোয়াইমা, মঙ্গি মাল থাম্মুবগী হুমাং তৈথোক তৈথোকতুনা চংলকই )

ইবোয়াইমা—খুড়াইবুঙো ঐখোয়বু কৌবিবরা ?

ইরোহল—ও ! নখোয় লাক্লবরা ? মানশিংত্বুদ লোইনা থাংজিন খোৎচিল্লমমেদনা ?

ইবোয়াইমা—অহোয়। লোইনা থাংজিনজরম্মে।

ইবোহল—ঐ চৎথোক্কদৌরে। অতুনা থবক থরা শিন্নরমগে তৌবনি।
মঙ্গি নবানি ঙসিদি লম-তু ময়ামসে শেংদোক খোৎতোক

তৌরম্মু। হয়েং মীয়াম তিল্লকদৌরিবনিনা নাল্লা থমদবা য়াদবনি। নখোয়না খরা থল্লায় য়াওনা হোৎনবা তাই ইবো। অতুগা কা অসিমা অহাংবনি, পোৎ অ মত্তা লৈত-বনি। অতুনা হয়েং অমুক পুরকপা মানশিং অতুদি কাশিদা থমগদবনি খংলেদনা।

ইবোয়াইমা—য়াম্না ফগনি।

ইবোহল—অতুগা, ঐ নংগা অরুবা রা অমত্তগা ঙাংনগদবা লৈ।

ইবোয়াইমা—করি তাকপিগদবা ?

ইবোহল—সিনিদা। হৌজিক নচন অসে লুহোংগনি হায়তুনা তৌরিবশে পৈশাগী থবকনিদো। অতুনা নখোয়গী য়ুম-ইখোল থমতুনা লৌখিবা শেনফমতু কমদৌশি হায়বা ?

ইবোয়াইমা খুড়াইবুঙো মতু তাচো লংফে চৎখিবতু হল্লকলগা খন্নদ্রবদি মেন তাবা ঙমজদ্রে।

ইবোহল—খন্নবনদি কান্নদে ইবো। নখোয়না হায়মনবদগী নখোয়গী নঙৌতুদা য়েংবা ঙমদতুনা পীখিবনিদো। অতুগা ঐগী অচিন্নবসিদম্মু খরদি য়েংবা ফৈবনা।

ইবোয়াইমা—অতু খুড়াইবুঙোনা মতম খরা ঙাইবিদ্রবদি উপাই লৈতে।

ইবোহল—উপাই লৈত্রবদি ঐদি তোকপা তারেনে। নত্তে ঐনা হায়বদি নখোয়না শিংবা ঙমগদবা লৈত্রগনা নামা ওম্থোক-পরা করিনো নাথৈ অমদি শেংদোক্লবনা ফৈ হায়বনি। ঐদি চওৎনবগী থবকসে কয়া হৈনদে ইবোয়াইমা।

ইবোয়াইমা—খুড়াইবুঙোনা চানবীহনা তাচৌ লাকপা ফাওবদদি ঙাইবিরো।

ইবোহল—ফরে ফরে। নংগী তাচৌ লাকপা ফাওবদি ঐস্থ ঙাইরগে। মতমহুদদি শোয়হল্লন্নকো। মঙ্গিগা নখোয় অনিনা লম-তুশে শেংদোক খোংতোক তৌরম্মু খংঙবরা? অহুদি ঐ চৎলুখিগে। ( থোকখি )

মঙ্গি — ইবোয়াইমা, থিকাদার মদলমোহনগী মচানুপা শুরেলগা আশারানিগা লুহোংগদৌরে হায়বশে হান্না করিমত্তা তাদ্রিবরা ইবোয়াইমা?

ইবোয়াইমা—তারে। মঙ্গি ঐনা মাবু নুংশিরুবা অসি অরেম্বনিদা। মরুপ ঐগী আশাগী দলানশে শাগৎচরগা লোইশিনবা ঙমদ্রবা জঙ্গলগী মোংশোং মরক্তা নাপী শীংবীনা মশক উদমথৈ হৌজনগ্রবা দলান অমগুম লৈজহৌরসনু।

মঙ্গি—অহুবু অরোইবা ওইনা অমুক্তং উনরম্বদি ফবনি।

ইবোয়াইমা—উনরুবদি লাইরহুনা উনগে খনবফাও অরেম্বনিদা অহুবু মরুপ ঐনা কাওগে হায়হুনা কয়ারক হন্না হোং-নরবস্থ থম্মোইসিনদি হেক্তা নিংশিংলকই। থম্মোই অসিদং য়াওসিলক্তবদা করিশু ব্রানিংঙাই লৈত্তবনি।

মঙ্গি—অহুবু তুমিন্না হেক তোকথোকপদি নুংশিনবশিংগী চৎনবরা?

ইবোয়াইমা—মঙ্গি, মখোয় ঐখোয়গী মরক্তা জাৎ তিন্নদবগী চেকপল অমনা থল্লিবনিনে। মসি নমথেরুবগী করি পাঙ্গল লৈরিবগে?

মঙ্গি—করিনোনে জাৎ তিননদে হায়রিবসিবো ?

ইবোয়াইমা—মখোয়না ইনাখুনবগী জাৎ, ঐখোয়না লায়রবগী জাৎ। কান্নদে মরুপ ! মা, ঐগী মুংশি ৱারি পুমবা নমথেকপা ঙম্মরোইদব চেকপল অমগী ৱাংমদনি। লায়রববুদি লাইথুং পকপগুম শমননিংদবনিনে মরুপ। অশোন অনা গতী লৈতবশিংবু অপুম অশা নমথি হানৈগুম নিংলিবনি। ঐখোয়দি অতুগুম্বা অপূম অশা নমথি হানৈ অদূনি। ঐখোয়বু কনানসু শম্ননিংঙলোই কনানবুসু মুংশিরমলোই। মঙ্গি, মরুপ নংনা অমুক ঐগী থম্মোইসে করিসু কান্নদবদা অমুক্কা হেন্না ৱাহল্লবনিদো

মঙ্গি—ইবোয়াইমা !

ইবোয়াইমা—তোকও মখা অমুক তারকঅনু। সংসার অসিদা ঐগীনি হায়বা করিমতা থনমলোই। ঐগী থম্মোই, মুংশিবা অমত্তা থম্মরোই। ( নিংবা কাইনা থোকখি )

মঙ্গি—ইবোয়াইমা ! ইবোয়াইমা ! ( ইন্নখি )

***Light off***

## অহানবা থাঙ্কক

## অহুমশুবা উৎপা,

মফম— লম্বী

মতম—নুংথিল

( সুরেননা মাও থাদুনা কেতুকি চংলকই )

কেতুকী—হৌজিকপু করম তৌসি হায়রিবনো তামো ?

সুরেন—করি তৌরগে ?

কেতুকী—করি তৌরগে হায়নে। হৌজিকপু অসুক থেলবসিদা করম হায়না য়ুম য়োগদৌরিবনো ? ঐদি ওস্থোক্রা তঞ্জখ্রে। থবক শুক্রমদসু ময়ামনা পোয়দনা থিনরমগনি।

সুরেন—অদুবু কৈদৌরগে তুমিন্না কোক হেক চংখ্রগা লোইরে। মখোয় তাগৌসু লাক্ফে চংথি হায়রবদাইনে।

কেতুকী—তামো ঐ পুমদা মুকচং চংবা ওবলরোই। তাচৌ নৈত্র-বসু তাগ্রোন নৈরি, নৈকাই নৈরি।

সুরেন—নৈকাইগীনা নৈকাইনিদনা, মথোয়গীবু করি মথৌ নৈ হায়বগে ?

কেতুকী—( সুং সুং কপপা ) তামো ঐবু মাহেনবীগে হায়দুনা নমথাক তৌবিরমলিবা জাৎ ওইরে।

স্নুরেন- ( ওহাক খল্লগা ) কেতুকী ঐ নঙোন্দা মথাক তৌব মতে। ঐহাক খুদোং খরা চাদ্রি হায়দুনা চৌরনি। থবক অমা তৌরিবশে মসিতদি লোইশিনখিসিদনা। বিল হেক ফংবগা নং ঐগী অনিংবদো পাংথোকপা য়াই।

কেতুকী—ঠিকাগী বিল! ঠিকাগী বিল। ফংদ্রি ফংদ্রিতা মহায়বা ঠীকাগী বিল ... .... .... ... ।

স্নুরেন—( থৌব্রাশাদনা ) কৈদৌরগে অহুক য়াম্না শাওরিবহুবো, ঠিকাগী বিলনা কৈদৌরগে ?

কেতুকী—বিল ফংদ্রি, বিল ফংদ্রি হায়দুনা ওৎলিবা ময়ামশে নসিগুম ঐবুস্থ ওৎপিগে শিনিনে ?

স্নুরেন—নংগী ব্রাশিদি ঐবু ইকাইবা পিবগী ব্রানিনে? ওইদবা ঙাংবসে ইংোককী কয়া হৈনজদহুনা অচুম্বতা ঙাংবশে করি অমত্তা থাজদবনিনে। মসিদনি ব্রা কায়নরক্লিবা ময়ামশে।

কেতুকী—তামোবুদি করিগী থাজরোইদৌরিবনো। অহুদা ঐনা হায়বদি নুংশিববু তামোগী ঠিকাগদি চাং তমবীগনু হায়জবনি।

স্নুরেন হোয় হোয় খংঙে, নংগীদো ঐবু পাজদবগী ব্রানি। ( কাওশিন্নৈ ) নত্তে স্নুম লৈরগা মতমসি থেংজিনখিনবনি অমবু তৌরে অমবু তৌরে কোন্না খন্নরগা তৌসি চংশ্রো হায়বা, সে চংশ্রো হায়বনি।

কেতুকী—খংঙে তামোনা ঐবু নুংশিবা অসিদি লোনমনি। তাংনি, ঐতনা অপংবী অমা ওইহুনা রাজকুবনি। ঐতনা নুংশিবা হায়বা অসে জাৎ বীজাৎ লায়র ইনাকখুনবা থাইদে হায়না খনজরুবনি। ঐ খংঙি অপংবী অমা ওইরবসু নুংশিবগী লৈফম নুংশিবগী তুংফম অচুম্বা মফমদা থাজবা লৈ। থাজবা মফমদা নুংশিবা লৈ, নুংশিবা মফমদা ফজবা লৈ। অদুগা থাজদবা তাং মিনম্বদা নুংশিবনা কৈদৌঙৈদসু তুঙহুনা লৈবা ঙমদে।

সুরেন—কেতুকী, ঐ, নঙোন্দা তাং তৌবা নত্তে। ঐ নংবু তশেংনা নুংশিবনি। ঐনা হায়বদি নং ঐ পুকচেল খংনদবসু নত্তে। অসুম্না মেন মান তাদনা চংত্রবসু ফজনা ইরেম লেমনা চংপা য়াই হায়বনিদা।

কেতুকী—অদুবু তামোনা ঐগী ফিবমসিসু খরদি খনবিবা ফে হায়বনি।

সুরেন—ফরে ঙসিদি ঐনা হায়বা য়ারোসে। মতুংদা নংনা হেক হায়রি মখৈ ঐসু য়ারগে, শে চংখ্রো শে, চংখ্রো হায়বনি।

(ইনশিনখিবা, কেতুকী য়াম্না হৈনিংদনা চংখি)

সুরেন—(খর শাংনা হোন্দোকই) অস! দসা অমা হেক কোকইদা।

তোম্বা—(চংলকই) চংখ্রব্রো? মীগী মচা শারৈ শারাং হৈবা হায়বসিদিনে কল্লকইকো সৈত্যা।

সুরেন—ঙসিদি তাতোম্বা খিংতা ঙাইহে শোইরমদোবা।

তোম্বা—অদু ঙাইখো তুমিন্না ব্রা অমত্তা হংগে। কেতুকীসিবু ইহৈ

হৈনিংদনা উই। নত্তে নখোয়গীসিবু মীকা থংবা ময়াদবা অরোনবা অমকা লৈরবরা হায়বনি ?

সুরেন—সি ঙাক্তনি সংসার অসে তাতোম্বা। উনালক্তাগী হেন্দোক্ত-বী ইকাইথিবী চিনিচমপ্রা হায়নরিবনি অদুবু উনা অদু হায়দোকউরবদি খোইমু চবুল অমা রা লাওনা পাইথো-রকই। নিংথিবী লৈহাও লৈরেলগী লৈরোননুংদা লাংঞ্রুবীনা অহিং মিংশেল থাংই। লৈনম চাওবী কেতুকীগী লৈকাদসু খোইমুনা তোংদুনা লৈহী চুপলম্বাবু করি ঙকনিংঙাই লৈবগে ?

তোম্বা—হোয়দা হৌজিক কালসিদি লৈরাং ওইনবু শাংলবদি লফুরিং মপাল কোন্দো মপাল, শংত্রে মপাল অমত্তা হেক থাজনিংঙাই লৈতেদা।

সুরেন—অদুনি তাতোম্বা। অদু ঙসাইবু আশারানীখোয়গী পাবুংগা ঐখোয় পাবুংগা করি করি ঙাংনগ্রবগে ?

তোম্বা—অদুবুদি রারুনুদা। অরেপপী অমা ঙাংনগ্রবনি।

সুরেন—ময়াবগী রা নত্তেদা। তং তাবীদু অমা থংলবদি অমবু তৌরে অমবু তৌরে নুংঙাইদনা।

তোম্বা—থবক পুম্নমকশে মাগী মাগী মতম লৈবনি। মতমনা মনা পুরককনি হায়বদু কাওরবরো ? ইন্দককী পুর্নিমা-সিদদি মনাদো পুরকঅনিয়ে শোইদনা।

সুরেন—( হরাওনা ) অদুবুদি মতম হায়বসে মীগী পুক্নিং থংবী

যৌবল লাইরেম্বীনিদনা। অতুনা ৱানা ৱানা ভাইবসিদি হেক্তা মহৈ য়ালহনবনিদা।

তোম্বা—অং পংহাও হাওরুখিনু। চাওখৎপগী মতৌ তমলিবনি, বিজ্ঞানগী যুগনি হায়তুনা নখোয় পাবুংগা আশারানি-খোয়গী পাবুংগনা খুংশেমগী নোং শুংতুনা তাহল্লিবতুনা বসন্তগী য়েন্নিং চোংখৎহনবা ভমদবস্থ য়াই।

স্থরেন—(পোংনা) নুপী হায়বসি দি করিস্থ লৈপোংতেদা তাতোম্বা। মখোয়গী পুক্নিংসে পাক্লবা ইয়াইদা মালংবনা কোইপু পুরিবা হিগুম্বনি। মালংগী ফৌরোই য়েংলগা ঐখোয়না হোন্নিংবা মায়কৈদা হোনবা য়াই। অতুগা মখোয়গী ৱাখলস্থ অয়ুক্কী লৈচিলগুম্বনিনে, নুংশা খজিক্তং শাবদা অতুম্মক মাংজখ্রগদবা।

তোম্বা—করিস্থ লৈতে হায়তুনা খোংদ্রিমখৈদি পংপোং পোংডুখিন্নু হায়বনি খিৎ।

স্থরেল—হৌজিক কালসিদি লাইখ্রেনা কৈনো। লেম্বা পাম্বা নুপীদনা এম, এ, বি, এ, শাশিল্লুনি। ইনাকখুনবা পাম্বা নুপীদনা স্কুতর, জিপ, কার অতুগা ইরাং পাম্বা নুপীদনা ইরাং তৌতুনা কোয়নি। নত্তে লৈহিনা লৈকাফাও চোংলবা লৈরাং অতু থেংনরগা লৈহি চুপ্তনা হনখিবা খোইমূতুবু পাপ পুখোইদরো?

তোম্বা—হোয়নে অতুস্থ চুম্মিনে।

সুরেন—অদুনা তাতোম্বা শাশিন্নবা হৈতবা মীদি মী ওইদ্রবনি থংঙু। হৌজিক্কী সমাজসিদি শাশিন্নবগী সমাজনিনে।

তোম্বা—করি করি শাশিন্নরিবা ?

সুরেন—য়াম্না লৈ। শাশিন্নবা নেতা কয়া, শাশিন্নবা ভোটর কয়া, শাশিন্নবা মরুপ কয়া, শাশিন্নবা তাংকী নুংশিবা, শাশিন্নবা মপুরোইবা কয়া, শাশিন্নবা য়ূমগী নুপী কয়া, শাশিন্নবা মপা-মমাগী শাশিন্নবা মচা কয়া— থংঙবরা ? তাংকী সমাজ অসিদদি ঐখোয়স্থু তাংনা হিংবা তারনি।

তোম্ব.—চুম্মীহে সুরেল ! তোম্বা ঐ ডাসিদি অফবা ওজা অমা ফংদুনা মিকপ থোক্লে। ডাসিদগী ঐহাক অচুম্বা অ..ত্রা তৌব য়াদ্রে। হে সৈত্যা চাক-থেকইদকো, বস কন্ডক্টর না গাড়ি মপু শাশিন্নদুনা ঐনা কোয়জরম্বা নুংশিতোম্বী মুনখিবদো মতমদুদা ..ংগুম্বা ওজা অমত্তং থেংনজরমলবদি মসি থোক্কদ্রশে। ( মপি তৈথোকই ).

সুরেল—হৌজিক্তি কপলুরন্থু মতুংদবু ভাব তাও হায়বনি। লাকও অশাবদি অশাবনা লোকঅগা ইংবনি। থরা থরা য়োংলুশি ( থোকখি। তোম্বা মপী তৈথোক তৈথোকতুনা ইন্নখি )।

Light off

# অকংবা শীণ্ড

## অহানবা তাঙ্কক
### ৪বা উৎপা

মফম—ইবোহলগী য়ুম
মতম—নুংথিল

( ইবোহল চংলকই )

ইবোহল—( মতোমতা. ) থবকশে ঐগী থোক্লবদি সি মণ্ডাইরবনি। মী অমত্তা লৈরমদবনিনেসে। লৈকাইসিবু লোইনা শিরবা জাৎলা খংদ্রেনে। লম্বী লমথাংদকা থেংনরবদি মচিল ও, মখায়াংও খুরা ইবুংঙো কয়াম ব্রাৎলিবগে অহুগা আদাগা।

( তম্পাক চংলকই )

তম্পাক—হন্দক্কী থবকশে ঐ সুকয়া য়ানিংদেকো। থেমহুনা নৌহুনা কয়া য়েংলে অহুবু মশানা সুকয়া য়াদে হায়হুনা ফ্রং ফ্রং গোংহুনা লৈরিবসে মসি ফাওবদা ব্রাখল করিমত্তা খনবীদবা।

ইবোহল—অতুবু হৌজিকপু করি তৌরুগদৌরিবনো হয়েং হংচিন্না ভাইশিল্লক্লবা মতমসিদা। নত্তে মমা। নচানুপীদি লাইরি নংবু হান্না ম্নানবা থেমখিবা তারি।

তম্পাক—ঐখোয়না ভাংজবদি নুপী মন্নানি হায়হুনা লাওহংতুনা হেক্তা য়ৈহৎপিবা। ওস্থোকপা মওংগী সাসন অমনিকো।

ইবোহল—কান্নদে লৈমা ঐনে ন্না য়াম্না ভাংনিংদে। অস্নুক য়ামশ্রবা ফজরবা ফুবা দালান ময়াম, অকাসতা পাইরিবা, ঈশিংদা তাউরিবা, শরক্তা চেল্লিবা ময়াম পুম্নমকশিংসে খুংশেম ভাক্তনিনে, খুংনা শেম্বা। শেম শাবনু হৈরবদি পুম্নমক লাই ওনবনি খংঙু।

তম্পাক—মসিদা ওল্লক্কদৌরিবা লাইশিবু করি লাইনা? খোংবাল লাই তিনথাকলো?

ইবোহল—হে অভাওবী, যনপোৎ খোইবদা পোৎপু য়াওদনা, শাজৈ পায়দনা খোয়বা য়াপোৎ নত্তেনে। পোৎপু অতু চেৎনা লাকশিল্লগা শাজৈ অতুনা শেৎ শেৎ ফুহুনা খোই--রগতদা লম হেনবা ভনদ্রিবনি. থবকশু পাংশিল্লিবা। গাড়ীরালানা মান পিকথন্না হাপলগা অভম্বা কাবদা লাওখোংহুনা যনদো ফুরগতদা কারিবা নত্রা?

তম্পাক—ইবুংঙো নেতা! লৈকাই থৎনবদা নচানুপী থাজবদা রাজনিতি খিৎ শান্নবিরনু। অতুনা লৈবাক্তী সেবা তৌবা শকপা য়ারোই।

ইবোহল—লৈমা নং ন্না য়াম্না ভাংলককনুকো অফবা ওইরকওই।

রাজনিতিনা করি হায় খঙলবরা ? লৈহাও লৈবা মফমদা থাবা পাম্বীদি ঈশিং নুংশিৎ খরা ওন্নতুনা খুইথজরবসু থুনা খুৎলোল্লি। চার ফনা ফতুনসু লৈহাও লৈতবা লৈকংদা থাবা পাম্বীনা অরেম্বদা কংতুনা মাংই। অসিনি ! ইচানুপী থাজবদবু ওইরবসু অমদবু ওইরবসু ঐগীসে অশেংবা রাজনিতিনি খংভবরা ?

তমপাক— হোয় হোয় থবকসু পাংশিন্নবা লৈহাওসু য়াম্না কাররবা মমা অঙাওবী ঐগা হায়বা ইন্দবী নচান্নপীশিগা পোংপু লাকশিনবীরো অতুগা মখোয় পাবুংনা লাও খোংতুনা ষনপে ৎ খোইবিরো। অতু ওইরবদি মখোয় পাবুংনা পামজবিবা রাজানতিদো হেক থোকচবেদনা।

ইবোহল—ব্রাসে ময়েক্তা হেক্তা হায়ত্রবদি য়াদেসে। নত্রে নখোয়না ফরে হায়না থল্লিবশিবু মীনাই ওইববুরো হা ? ইবোয়াইমা হায়বা মীনাই মচাতুরো। ঐনা কার তৌজ-গনো হায়তুনা শুম থাংবশে শুকয়া য়ারোইদবনি। হে হায়বীগে তাজো, মীনাইদি মীনাইদোনা থল্লু নত্রবদি মীনাইনা মপুবু কাদনা নেৎপনি।

তমপাক—অতুগীদি করিসু নৎতেদা।

( ইবোয়াইমা মঙ্গি লুহোংবগী পোৎ খরা পুশিশল্লগা চংখি )

ইবোহল—অতুগী নত্রবদি করিগী অন্দলোম্লো ? নখোয়না হন্দক-তৌরকইবশে হা ! করিগী অন্দলোননো হায়বা ?

তমপাক—মসিদি পেন্দবগী। মশানা স্থুকয়া য়ানিংদে হায়জরফাও শুপনম সাসন তৌবগী।

( মঙ্গি থোকখি )

ইবোহল—তচুদ য়ানিংগে য়ানিংউ য়ানিংডোই তোকউ। সরকার পাইরিবা ঐগী ইথক্তা অন্দলোন তৌরবদি করি তৌবা ডাই শংলবরা? শিচৈশিনা ...। ( ফুগে তৌবা )

ইবোয়াইমা—( চেনশিল্লকতুনা ) খুরা ইবুংডো অমুক্তা ডাইবীখো।

( থাম্বা )

তমপাক—ফবে! ফবে। ঐ ব্রা অমনা ডাংদবরোই। মাই পাকনা থোকপা লৌনিংবদো অতুম লৌগীহৌবা। ( থোকখি )

ইবোহল—( ইবোয়াইমদা ) হে মীনাই মচা। নংনা মসিদা করি নথৌ লৈতুনা অমুক য়াওশিল্লকইবনো। মপুনা শিনবা থবক্তা অতুম শুতুনা লৈবা য়াদ্রা হানেহে?

ইবোয়াইমা—খুরা ইবুংডো, ঐদি চুম্না স্থুম থামদোকচবনি মসিদা ফরি অকাইবা য়াওগ্রবগে?

ইবোহল করি অকাইবা য়াওগ্রবগেকা হায়নে। নত্তে করিগীনো নংনা মসিদা অওৎ অপা অস্থুক শারিবশিবো? অমুক্তা থল্লুনে। নংবু মসিদা করি ওইরিবগে? মপু ওইরিবরা নত্রগা মীনাই ওইরিবা জাৎলা?

ইবোয়াইমা—( মুংডাইতনা ) তত্ত্ব খুরা ইবুংডো ঐহাকশে খুরা ইবুংডোগী অরৈবা মীনাইমাক্ত নত্তেদনা।

ইবোহল—হায় অরেবা ওইগে ওইয়ু অশোংপা ওইগে ওইয়ু নংবু শিদা মীনাই ওইহুনা লৈবা নত্রবদি হুরানগে হায়হুনা লৈরিবরনে ? সিদদি নংনা হুরানবা য়াবা পোং অমত্তা লৈতে থংঙু ।

ইবোয়াইমা – খুড়াইবুঙো হুরানবা হায়বহুদি হায়বিগনুদা । হুরানবদি 'লাইরবা ঐখোয় নংতে । শেঙ্গাও পায়বা ইনাকখুনবশিংনি ।

ইবোহল—করি ঐখোয়না করি হুরাল্লিবা ?

ইবোয়াইমা—ইনাকখুনবশিংনা লাইরবশিংগী মপাঙ্গল, মরৌশিং, অশুমল হুরাল্লি । অহুগা কা হেন্না পৈশিন্দুনা মী কয়া কয়াগী চাকখাও লুত তৌই ।

ইবোহল—ইয়া ! লব্রায় মচাশিদি কয়াদা থকশি খাশি নাইখিদ্রবনোনেশে । হায় তোম্বা ! লাওনেহে মপু মশক থংদবা মীনাই মচাশে মঙকশম পায়হুনা ইল্লোলাওনে ।

ই বোয়াইমা—খুড়াইবুঙোনা তান্দ্রবস্থু চংচরনি । মীবু মী ওইনা উবিদবা শা-ষণগুম থনবীবা মফমসিদা লায়রবা ঐখোয়না লৈবা ঙমফম থোক্তে । ফরবস্থু ফত্রবস্থু ঐ:খোয়স্থু থব্রায় মচা অমদি পানজরিবনি । (থোকখি)

তোম্বা—( চেনশিললক্তুনা ) করি করি তৌনরগে খুড়াইবুংঙো ?

ইবোহল- ( শাওনা ) মীনাই মচা মাগুমবনস্থু কয়াদা মী উশিংখিদ্রবনোনেশে । মনমহু তৎপমথৈ ক্ষুহৌদবশে ওস্থোকনা লানথ্রেদা ।

তোম্বা—করি তৌরমলিবনো খুড়াইবুংঙো। ঐ থেংনরমলবদি খংগদবনি। (মুক্তুনা লৈ)

ইবোহল—মখোয়গুমবা মপুক শেংদবশিংশে মসিদা থমবা য়াদে হায়দুনা তানথোকপ্লবনি। নখোয়গুম্বা মপুক শেংবঙাক ওইরবদি ফগদবা ইবো, নং লাক্তুনা থবক ইনথাং নোম্বা খোৎপা য়াওরবশে ওন্থোক্লা তান চাপ্রেদা।

তোম্বা—খুড়াইবুঙো, হন্দক্তি ননাই তোম্বসু কোল য়েৎতুমছু মঙাইরে শোমদমুক অশোমদমুক ফুৎকা ফাৎকা গদ্রক গদ্রক লোই-রে। চৎলোই হায়বসু য়াদবা খোংনেৎতদি কন্না নেৎলিবনিনা।

ইবোহল—থবকশে লোইদ্রিফাওবদি থরা ব্রাবা তারেদনা ইবো।

তোম্বা—অদুদা য়েৎতুম ঐখোয়না তৌরিবসে ওন্থোকনা য়ামপ্রবা সংসার পুম্বগী শেৎলিবা-ইল্লিবা পুম্নমকসে লোয়না তাইশিন-জরিবনি। অদুগা মমলনা হোংলিবদি .... ....।

ইবোহল—করিনোনে ইবো নংসু। নখোয় ঐখোয়গী থবক্তবু মমল হায়বা অমুক লৈরিবরনে?

তোম্বা—মমলগী ব্রা ঙাকসু নত্তেদা। সিমা ফোৎচিল্লম্মী সিমা তাইশিল্লম্মী হায়বগী শোমদসু শিংথানবিদা অশোমদসু শিংথানবিদা অয়ুক্তগী চাক চাজদ্রিবনি হায়জবনিদা।

ইবোহল—করিনোনে তোম্বা শিংথানবা শিংথানদবা হায়বা অসিবো। মী অমগী কান্নবা থবকপু তৌরবদি মী অদুনা শিং-থানদ্রবসু ঈশ্বরনদি শিংথানবীরমগনি। নত্রবদি মী অমনা

মী ঙমগী মাতেং পাংবগী করি তৌথ লৈবগে ? মীগী মতেং পাংবা হায়বশে ধর্ম্ম নিতি অমস্তুং রাজনিতি অনিমক্তা য়াওরিবা রাফমনি। ঐখোয়না রাজনিতি য়াওরিবশে ময়াম অসি নৈনরিবনিনে। "থুরাইবুঙোদি মীগী মতেং করিগী পাংদে হায়রক্কনি" অতুদি মসিনি নেতা ঐখোয়গী ইথৌদি তাকইবা লাওরিবা ময়াম অসিনিনে।

তোম্বা—মিনাই ঐখোয়গীদি ঈশ্বরনা শিংথানবিরগা লোইরেনে।

ইবোহল—করিগুম্বা খল্লুনুনে। ঈশ্বরনা শিংথানবীবা হায়বসিনি খ্বাইদগী মরুদি। চৎলু, চৎলু, থবক থবা তৌশিল্লুখো চৎলু।

তোম্বা—চারা হেন্দুনা শিরবস্তু ঈশ্বরনা শিংথানবীরগা য়ারেনে। (চংখি)

ইবোহল—অঙাওবসিদি। হাঃ হাঃ হাঃ নেতা ঐখোয়গীদি তাকইবা লাওরিবা ময়ামসিনি। মখোয়সিদিনে চাগদবগী থক্কদৌবগী-তা তৌদুনা হেক লৈদা। লামগন থক্কনবগে মখোয়শিনা খিৎ মহেল্লে।

***Light off***

***Intermission***

# অকংবা শীঙ

অনিশুবা তাঙ্কক

অহানবা উৎপা

মফম—অচৌগী য়ুম।

মতম—নুংখিল।

( কেতুকী মতোমতা নুঙাইতনা মুরুম মুরুম শোন্দূনা লৈ )

কেতুকী—( মতোমতা ) শক শক উনরিডৈদনা হেক মনিংশিংবীবা শক-শক উনদ্রগনা হেক্তা মকাওথোকপিবা অশে নুংঙাই য়াইফবা মথোয়গী চংনবী ওইরেকো .... .... ।

( তোম্বা চংলকই )

(তোম্বা উবদা হরাওনা) তাদা ফিদা অমত্তা লৌথোকচরুখিগে

( চংগে তৌবা )

তোম্বা—য়ারেদা ইবেম্মা। ঐ পংকুই কুইরোই। নংনা পাঙ চেল্লকপত্নুদা শুম চংথোরকপনিদা।

কেতুকী—তাদা ঐ তৌফম অমা খংদ্রবনি। য়াম্বদি তাদানা মাবুং অমুক্তদি মসিদা পুবিরকউ হায়জগে তৌবনি।

তোম্বা—খংদ্রেদা ইবেম্মা, নুপী নখোয়না তৌগদবসে ! নুপী ওইবা নখোয়সে খৌরাংবনা কংলবা মীশিংগী ময়া মরিচিকা গুমনি। মীহৌবনা থুমহৎলবা মৈরাম্বী বয়াগী তমথিরবা মৈরিনি। অপাম নুংশিগী য়োংচাবীনি। অদুননিন্নে ব্রা অম্মুক য়ামলিবসে।

কেতুকী—করি হায়বা তাদা ... ....।

তোম্বা—করিস্মু হায়দেদা। নুপী হায়বসে লালগী মবেম্মা দুর্গাদেবী-নি, মহৈগী মবেম্মা স্বরসতিনি, লনগী মবেম্মা লক্ষ্মীনি হায়বনিদা। অসিননে নখোয়বু অম্মুক য়াম্না কল্লক্করিবসে।

কেতুবী—তাদা ঐবু অমুক নোক্লবিরগন্নুদা। নুপী ওইবীগী মপোকসিদি ওস্থোক্লা তোনগ্রবা মপোকনি।

তোম্বা—হেরা নোক্লবা নত্তেদা। অদু নংবু থবক শুবদি শুকচং-চংত্রবরো ? •

কেতুকী—হোয় চংতরে। ইনম্মানা য়ুমদা স্থুম লৈরো হায়দুনা লৈরবনি।

তোম্বা—ফরে অদুদি নখোয় ননম্মানা থবক শুফমদগী হল্লত্রিদ্রৈদা ঐ স্থুরেল পুদুনা শোইদনা লাকলগে। অদুদা অরোইবী ঙাংনহৌরো। অদুদি ঐ চংলুখিগে। ( থোকখি )

কেতুকী—ফনি তাদা থরদি থুবিরকউ। ঙাইহাক্তং লৈরবদি ইনম্মস্থু শোয়দনা হল্লকঅনি।

( মতোমতা ) মীওইবা হায়বসে কনাবুস্থু হেক থাজনিংঙাই লৈত্তেদা। মীওইবা হায়বসিমক মীনম্বনি।

মীনম্বা শরুগী পোলাংদা লৌনমগী উনশানা কুপ্পতনি। মীংয়েংদগীস্থু হেন্না য়াংনা কোইপাই পাইহুনা মীওইবগী পুক্লিং ব্লাথলনা মিকুপ খুদিংগী অপাম্বা কয়াবু কোইথিথিরি। মী অমনা ন্নুংঙাইনবা হোৎনবদা মী অমনা কয়াদা ব্লাবা। মী অমনা নোক্লবগীদমক মী অমনা কপতুনা লেনবদা করিস্থু খন্দবকো। অঙকপনি হে মীওইবা! (স্থুরেন চংলকই) ও! লাক্তি লাকপিরেদনা।

স্থুরেন—(বরেম্মহুনা) কেতুকী লৈরাংনা অচিকপদা শাংহৌবগী পাও মালংবনা লোন্না তম্লরগবু কেতুকীবু পামজবা খোইমুনা করম্না অরেম্বদা লৈথোক্লদগে। অতুগা ঐদি মথৌ মশক খংদবা চংতবা ঘরিস্থু নত্তনা। করিগীনো ঐবু উন্নশি হায়বদি?

কেতুকী—তামো, সমাজগী চংনবীগী ব্লাংমদা মিনোক মীশা কয়াশে খাংহুনা কয়াম কুইনা ঐবু থস্বীথিগদৌরবনো?

স্থুরেন—কেতুকী ঐ নত্রবদি নংগী নপাপ কয়াদো পুমিন্ননবা অতোপ্পা অমা লৈত্রবনিনে। ঐ নত্রবদি নংগী অব্লাবদো শরুক য়ামিন্ননবা অতোপ্পা অমত্তা থমহৌদ্রবনিনে। য়েংউ কেতুকী লৈরাং কয়ানা লৈকা ফন্দোকই, খোইমু কয়া ঙাওনবা। লৈনম্না লৈকাই পল্লালহল্লি খোইমু কয়া পাইব্রকনবা অতুগা উনা লক্তা তঙ্খায় অমা লোৎশিন্দুনা ইকাইথীবী শাশিন্নে। মীব্লাং থাকপগুম মসিনি লৈব্লাং-

শিংনা থাকইবা লাংস্থু। নংগী লাংতুদদি ঐ নত্তবা অতোপ্পা অমা থুহোত্রবরা ?

কেতুকী—( তাবা ঙমশিল্লক্তনা ) ইবুংঙো ঙসি ফাওবদা নহাক নত্তনা অতোপ্পা অমগী ব্রাখল খঞ্জরক্তুবী কেতুকীগী পুন্সিনি। ঐনা লানখিবা লৈরবস্থু ঙাকপিন্থু কৈদোবগে। পাপ চেনবী ঐ অমা মাংজখিবদি অরাইবনি, ইবুংঙোনা ঐখোয়গী ইমুংগী ইজ্জৎ, সনমান অহুতদি কনবীরম্মু।

স্থরেন—( করেম্ননা নোকতুনা ) নখোয়গী ইমুংগী সনমান ইজ্জৎ ! নখোয়গী ইমুংগীবু করম্বা সনমাননো করম্বা ইজ্জৎনো ? কানদে কেতুকী ঐ নংগা অরোইবী অমা ঙাংনরম্মগে হায়দুনা লাক্লিবনি। ঐবু অমুক অপনবা পীরগন্থু। ঐসে হয়েংতা ঙয়রবনি লুহোংগদবা। মসিদা নংনা য়ৈখায় থিনগায় অমুক তৌরন্থু।

কেতুকী—( শাওনা ) হায়ফম থোকপগী হায়জবনি। মশক মতৌ ফজবী ইনাক-কৈরাক খুনবী অমগা লুহোংখিগদৌরে হায়দুনা কল্লকতুনা হায়বদি নংতে। অহুক থম্মোয় পীকপা।

স্থরেল—মসিদি অহল-লমননা হায়নবনি ঐনা নংতে। অহল-লমননা হায়বা ইনবা হায়বসিন্থু কৈদা। ঐ মখোয়না হায়বসে ইনগে হায়না খল্লে। নংস্থু অহল-লমননা হায়বা ইনবী মরম ওকপী অমা ওইহো। ঐ চংলে।

( চংকে তৌই )

কেতুকী—অমুক্তদি ঙাইবীখো কৈদৌবগে। (মখোঙ পান্নদুনা খাম্মী) ঐনা হায়জবসে অমুক্তদি তাবিখোবা।

স্থরেল—হে ওক্বী। নংগী য়াহৈশিংদো তানবগী ঐগী মতম লৈতে খংলবরা! হায়য়ুনে নংগুম্বনবু ঐগী য়ুমগী মৌ ওইবা য়াত্রনে। হায়যু হায়বা। লোকতুন নোক্লিংইনে॥ সে থাদোকউশে ...। (কাওথোকতুনা চৎখি)

কেতুকী—অমুক্তা ঙাইবিখো কৈদৌবগে। ও! অসিরা নুপাগী পুকচেল! কয়াদা কনগ্রবা মাগী থম্মোয়নো। মসিনা ইমুংগী ইজৎ সনমান লৈখা তানা মাংহনবদা নৎতনা নুপীগী শমাজবুম্মু কয়াদা মশক থিহনগদৌরিবনো। অদুদি ঐ হৌজিক করি তৌবা তাই। শিবা! শিবা! শিবা হায়বা অসিবু করিনো? লেপকং কংলবা বসন্তগী য়েন্নিং চোংথৎলরোইদবা উপাল অদু অকংবগা করি খেৎনৈ। মচেৎ মচেৎ নিংথাইরবা মী লৈবা য়াদ্রবা শোকপদা কিন্থর-বা য়ুম অদু তেকপগা করি খেননৈ। নীংবা কায়বা হায়বা নাকেনথা অদুতা ওইদুনা লৈরগদবা বদনামগী লাইথুংদা মচেৎ মচেৎ পক্লবা পুন্সি অসে শিবগা করি খেননরি; ঐ হিংবগী আশা লৈত্রবনি। (হু লিক্লি অমা পুথোক্লুনা) ইতা নংগা ঙসিদি পুন্সিগী খোংলোই ওইরশিকো। বদনামনা কুয়োম ওইদুনা লেপকং কংলবী লৈমল চল্লবী কেতুকীগী পুন্সিসে তাইবং মীনোক মীশা লাংদ্রবা মফম অদু তান্না পুবিয়ুকো।

( হু থকই অছুগা তপ্পা তপ্পা লেকথরকই )

লৈবাকলৈ—(মপান্দগী ) কেতুকী, কেতুকী তারিবরা ইবেম্মা ... ।

( লৈবাকলৈ পোৎ ময়োম অমা পায়তুনা চংলকই । কেতুকী তুতুনা লৈবা উই ) ।

( পাথৎনা ) কৈদৌরগে ইবেম্মা নশা ঙমদ্রবরা ? ( হু লিক্লি উরকই ) হি সিদি হুনিনা । ইবেম্মা নং হু থকলুরবা ।

( চংশিন্দুনা কোনথৎলি )

কেতুকী—( য়াম্না ব্রানা ) ইনম্মা নচলদি ওক্তবী অমা ওইরুবনা সমাজগী মীনোক মীশা মরক্তা মতম শাংনা হিংবগী পাঙ্গল লৈত্রে । ঙসিদি.... .. নখোয় ..... খ্বাইগী........মীৎয়েংগী ব্রাংমদা চৎখ্রগেকো । ইনম্মা, তাচৌ তাতোল নখোয় খ্বাইগী সেবা মতোল লোমলমদ্রে হায়তুনা নচলবু ব্রারৌগন্নুকো ।

লৈবাকলৈ—মাংলেদনা তৌরিবা মতৌসিদি । নংগী তাচৌ তাতোল না হংলগা করি হায়না খুম্মু হায়রিবনো অমুক্তা হায়য়ুনে । ননম্মাবু করি পেন্দবা লৈতুনা তৌরিবনোনে !

কেতুকী—( য়াম্না ব্রানা ) ইমা শক্লবী ইনম্মা, মসি পুম্বসে ওক্তবী নচলনা নুংঙাই য়াইফবা সুরেলগী লৌনম্বা থম্মোইবু থাজরুবদগী থোকলিবনিনে । ইনম্মা নচলবু ব্রারৌগন্নুকো । ... নখোয় খ্বাইবু থাদোকতুনা চৎখি হায়তুনা .. । (শিবা)

লৈবাকলৈ—( কন্না কপ্তুনা ) কেতুকী ঐবু করি ওইহৌ হায়রিবনোনে ইবেম্মা । মংলা তাইবংলনে তৌরিবা মতৌসিবো ।

করিনোনে সংসার অসিবো। হে জগৎ মীহাৎপা শেঙ্গাও পায়বগী জগৎ নুংঙাইরো পেল্লো ... ... ।

পেল্লো অশিবা ঐখোয়বু অমুক হন্না গাৎতোকলগা। মানি ঐখোয়দি অশিবনি। অশিবা ঐগোম্বনা চেং চগেমশিং অসি করি অমুক তৌনরুনি। (চেং ময়োমদু লংখাইবা)

ইবোয়াইমা—( ফিংনা চংলকই ) করি তৌরগে ইতৈমা ? (কেতুকী তুবা উতুনা) হি করিনো সিদি !

লৈবাকলৈ—ইবুংঙো নচল পুকফবাদো পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখ্রেনে।

ইবোয়াইমা—কেতুকীবো ? ( কন্না কপ্পা ) কেতুকী ইবুংগী ইবেম্ম । পোকপদগী নুংঙাইবা শরুক ফংজদ্রবী। অরা মৈশালক্তা ফোতুনা কংলবী, ঙসিদ নংসু তাঙ্গোই ওল্লবকো চাক্লিবা মৈনুংশিদা। লায়রবা নবুংনা ননিং থুংহনবা ঙমদে হায়তুনা নবুংবু থাদোকতুনা চৎলবোইকো ইবেম্মা !

লৈবাকলৈ—সুরেল পুম্নমক অসে নংনা থোকহল্লিবনিকো। পেল্লো নংদি পেল্লো .....।

ইবোয়াইমা—( হৌগৎতুনা মতোমতা ) পুম্নমক অসে সুরেল নংনা থোকহল্লিবকো। সুরেল নোংমদি নখোয়সু ঐখোয়গী চাকলিবা মৈসিনা মৈন্নাইরকপদি শোইদবনিকো।

( কন্না লাওবা )

***Light off***

অনিশুবা তাঙ্কক
অনিশুবা উৎপা

মফম—থবক শুফম।
মতম—নুংথিল।

( নুপী নুপা ময়াম নাকল অমদা নুং হোনবা, লৈঙোই পেকপা সেমেন্ট কাংক্রিকনচিংবা পুন্থনা থবক শুবগী ইরাং লাংই। নাকল অমরোমদা মান-থাংবা অহল অমগা ইবোয়াইমাগা গাড়িদা উ ময়াম হাপকংলুবগী য়াম্না ৱানা চংলকই )

ইবোয়াইমা—ঐখোয়গী চপচাবা অৱামন পিয়্ হায়ববু মখোয়দগী নিবগা চপ হেক মান্নেদা।

অহল—ইবুংঙো খুরাখোয়দি চহি ১৪। ১৫ রোমতুম শুরম্মনি। মান থাংবগী থবক অসে তৌরকইবা, অতুনা শিগুম্বদি কয়া বয়া থেংনরবনি।

ইবোয়াইমা—চহি ১৫ রোম চুপ্পা মান থাংবগী থবক !

অহল—চহি ১৫ রোমদি হেনবু হেল্লম্মনিদা .... ... ।

ইবোয়াইমা—নিংতম্বা ফংলবা লৈবাকশিদা নিংতম্বা ফংদ্রিবা, মীনাই ওইরিবা কাংলুপ অমা লৈ হায়বদা করি লানবগে খুরা ?

অহল—করম্বা কাংলুপনো ইবুংঙো ?

ইবোয়াইমা—লৈফম লৈজদবা, শুনা শুনা চরা হেনবা কাংলুপ অমা। খুরা ঐখোয় নিংতম্বা ফংলবনি অদুবু মীনাইদি ওইরি।

অহল—সরকারনা লায়রবা অনংবশিংগী নুংঙাইনবা চাওখৎনবা শেমদ্রিবা করিগীনো ?

ইবোয়াইমা—ঐখোয়গী আইলদি সরকারনা শেমগদবা নত্তে, শেঞ্জাও পায়বা কারবারব্রালাশিংনা শেমগদবনি। ঐখোয়না শুরিবা থবক অদুগা ফংলিবা পৈশা খরা অসে সরকার-দগী অমত্তা নত্তে, কববারব্রালাশিংদগী ঙাক্তদি। খুরা ঐখোয়গী কাইথোক্কদবা বজেতকী সেংসন কারবারব্রালা-শিংনা তৌই।

অহল—বজেত হায়বদি বোরাখাও অমা থাংবগী শিকি অমা কাইথোকলিবসিরা ইবুংঙো ?

ইবোয়াইমা—মানি। মখোয়না লুপা লাখ লাখকী শেন্দোং তান্নবগী-দমক ঐখোয়বু শিজিন্নরিবা, ঐখোয়গী কোক্তা ঙেক ঙেক শংদুনা পুরিবা বোরাখাও কয়া, মদু থাংনবগী লুঃ ৪০/৫০ ফাও ফাদনা কায়থোকনিংদবা মখোয়গী বজেত অদু... .... ।

অহল—অতুদি ঐখোয়গী সরকারদি শেঞ্জাও পায়বা কারবারব্রালাশিং অসিনিনে ?

ইবোয়াইমা—মানি ! ঐখোয়গী সরকারদি শেঞ্জাওপায়বা কারবার-ব্রালাশিং অসিনি। মখোয়না ঐখোয়গী ইথক্লা তৌনিংবা থবক তৌবা য়ানবা শেমনিংবা মরন্নাই আইল শেম-লিবনি। ঐখোয়গী ব্রানা তানজবা অশুমন কয়াসে মখোয়দগী নিরুবগুম তৌহল্লিবনি।

অহল হোয়নে ঐখোয়গী পিফম থোকপসে কোক হেক পিথোক পিরমদবনিনে। থবক নেকলম্ব নিপাহুস্নু থিকাদার উনরুনি হায়তুনা চংশ্রগা থোরকত্রবনিনেসে।

ইবোয়াইমা—ফরে খুরানা চংঙগরা করিনো লৌবিরকলো, ঐ আদা ময়ামনা ঙাইরিবসিদা ঙাইজরমগে।

( ইবোয়াইমা থোকখি )

অহল—ফরে ফরে ঐ চংঙগা লৌরকঅগে। ( মতোমতা ) মখোয়-সিননে পিগদবস্নু লৈরবা পোৎসিদা কোক কোক পিথোকঅগা লোইরবসিদা পিগদৌবগুম পিরোইদৌবগুম তৌহুনা শুম হেক লৈদা ....... ।

( স্নুরেল চংলকই )

স্নুরেল—( অহলদা ) অহল পৈশা কয়ানো পিগদবসে ?

অহল—ইবুংঙো লুপা ৫০ দনি।

স্নুরেন—লুপা ৫০ ! উ থরা হাপকৎপগীবো ? নোকতুম নোকনিংইনে ।।

হে অহল নখোয়সে নাতৈ চাদনা পণ্ডহায়দা হায়জিল-লক্কন্নুকো। সে লুপা ৩০ সি লৌশে।

( পৈশা লৌথোক্কুনা পী )

অহল—অদুদি য়ারোই বাবু। লুপা ৬০ দা ভাংনদুনা চৎপা নত্রা? হেংউ ঐখোয় ৭।৮ না কয়াদা য়ানা হাপকৎখ্রবনো? লুপা ৫০ দগী তাবদি স্নুকয় য়ারোই। মখোয় ময়ামস্তু আদা ভাইদুনা লৈহৌরিবনি।

স্নুরেন—লুপা ৩০ অসিফাও ঐ ওইবগী পীববনিনে অহল। থাদা তলব লুপা ৫০০।৬০০ চাবা ফাওবা নোংমদা লুপা ১০।২০ গী চাংদনি ফংলিবা, ভাইহাক্কুংদা লুপা ৫০ ফংলবদি নখোয় মভাইরেনে।

অহল—ইবুংঙো ঐখোয়না খরা ফংজগদৌরিবদো পোৎলুম অদু থাংগৎপদা ঐখোয়গী হকচাংদগী থোকখিবা হুমাং অদুগী মমলনি। অদুনা চপ চাবা মমল অদুদি পিবিয়ু বৈদৌবগে।

স্নুরেন—মান থাংবগী চপ চাবা মমলবু কনানা লেপলিবা? নত্তে মসিগী থবকসিদি মেচিননা থাংগৎলবদি লুপা ১০।২০ দং পিথোক্লগা য়াবা জাৎনি। অদুদা বেরা তৌরমদুনা তৌবনি।

অহল—মেচিল হায়বদি অনৌবা লাকপা ময়াং মোতিয়ারানে বাবু? মখোয়দি বেরাদি য়ায়া তৌগনবনি। মীরৈবাক্তগী লাক্লবা য়াদদুনা চলাকনা হাদুনা লাক্লগা ঐখোয়গীসিদা অফবা

শাররিবনি। মখোয়বু হেক নেকলুবদা লুপা ১০০ দি শোয়দনা হায়রক্কনি।

সুরেন—ওস্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রেদা। হৌজিক্কী চাওখৎলবা মতম অসিদা মেচিন ফাওবা মশক খংলমদ্রিনে।

অহল—বাবু অশেংবনি। ঐদি মেচিলগদি মশক খংনজদে। মেচিনবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মখোয়গা মশক খংনরুত্নুনা কৈদৌরুদৌরিবা।

সুরেন—হে অহল মেচিন হায়বদি মী নত্তেনে। থবক শিজিন্নবা য়াবা খুৎলাই অমনিনে। মেচিনগী যুগসিদা ওস্থোকনা পংথ্র-পংথ্রবসু লৈরম্মীনে। সেনে ঐনা পীরিবশে লৌনে।

(পীবা)

অহল -অদুদি য়ারোই বাবু। ৫০ তদি সুহনবীয়ু। ( লৌ য়াদে )

( ইবোয়াইমা চংলকই। সুরেনবু উবদা থানা য়েংই )

ইবোয়াইমা—Machine গী যুগ! হঃ হাঃ হাঃ Machine গী যুগ। Age of the Machine, age of the millions of Men, who makes and works with machine in the booming industry and roaring factory and workshop.

অদুবু ভায় ঐখোয়শি সরকারনা নখোয়গীদমক্তা শাবীবা, শেঞ্জাও পায়বা নখোয়না শিজিন্ননিংবমখৈ শিজিন্নবা য়াবা Machine মখল অমনি অসিনিনে? নত্রা?

সুরেন—হায় মীনাই মচা নংবু কনানোনে? রাহু চুম্নগী অদুম

ভাংউ খংলবরা ? ঐশে লুপা লাখ করোরগী থবক তৌরিবা ঠিকাদার মদলমহলগী মচা সুরেন হায়বা অহুনি হায়বশে খংদ্রমালে।

ইবোয়াইমা—ও ! সুরেন, you bloodv ! মীহাংপা ডাকু। ( চোংশিন্দূনা সুরেনগী থৌরি মেংলি। অহলনা থামই। মঙ্গিনা অরাপপদগী ইবোয়াইমা কৌরকই। চেনশিল্লক্কূনা থামই। ) নংনা নচিল অহু য়াওদনা ঈ চুপখি। নরৈ অহু তিংথোকক্তনা ঈ লেকখি। নখুংত্তা থাং য়াওদনা মী হাংখি। অসুম্না ৱানা শুজা নোমজহুনা হিংনবা হোং-নজরিবা নুপী কয়াগী ইজ্জং, পুন্সি কয়া কয়া মাংহল্লি। মহু নং নিংশিংউ। ( সুরেন তুহুনা লৈ )

মঙ্গি — ইবোয়াইমা তৌরমলিবসিনা ? ঐ নংবু থিরকলিবনি। তাচৌহু লংফৈদা শোক্কূনা লৈরে হায়হুনা পাও লাকই।

ইবোয়াইমা—( পাখংনা ) তাচৌবো ?

মঙ্গি— মানি। তাচৌহু নুং কাপথাইবদগী নুংনা পানবা ওইরমলে। অহুনা হৌজিকমক চংতবা য়াদ্রে। ঐখোয়না চত্তুনা লৌথোকউদ্রবদি খুদোং কয়া চাররোই। ঠিকাদারশিংনদি শুকথৌ থৌশাবীবা নত্তে।

ইবোয়াইমা—( অঙাওবগুম নোকপা ) হাঃ হাঃ হাঃ ঠীকাদারশিংনা থল্লিবদি ঐখোয়বু নত্তেনে মঙ্গি। ঐখোয়না শুবা থবক অমসুং অহুদগী ফংবা পৈশা মপৈ মপৈ অহুনি। অহু

ফংনবা ঐখোয়বু শিজিন্নবতনি। ঐখোয়বুদি মখোয়গী থবক্তা শিজিন্নরিবা থাং-জমফংশিং অহুনা হেন্না পাম্মু বা জাংনি। ঐখোয়বুদি কারিস্নু থনবীবা নত্তে। ( অঙাওবগুম থোকখি। মঙ্গিস্নু ইন্নখি। )

( স্নুরেন যাম্না ৱানা জ্ঞান ভারক্নুনা হৌগংলি। )

স্নুরেন—হে হে মীনাই মচা মাগুস্বনস্নু মপুন্সিশে অরেম্বদা মাংজরগে হায়দুনা হৌরবনিদো। ( ঙাংনা ঙাংনা থোকখি )

অহল—ইবুংঙো বাবু, শেঙ্গাও পায়বশিংগী নাপলনা কা হেন্না ৱাংথংলক্লবদি লায়রবশিংগী ঈহৌনা অমুক্তং ফমদেকপা হায়বসে শোয়দবনি।

***Light off***

## অনিশুবা সেঙ্কক
### অহুমশুবা উৎপা

মফম—অচৌগী য়ুম
মতম—নুংথিল

( শেগাইরবা ফক অমগী মথক্তা অমোৎপা শেগাইরবা ফি খরা থারি। অদুগী মথক্তা অচৌ চৈনাখোল থাংবগী ফরা ফরা হাইদুনা হিপলি। অশোকপা মফম কয়া বেনদেজ পুল্লি। অমোৎপা শেগাইবা ফি অমস্থু ফৈজুপ ওইরি। ইবোয়াইমা, লৈপাকলৈ, মঙ্গি মনাক্তা লৈ। )

লৈবাকলৈ—( ইবোয়াইমদা ) ইবুংঙো দেশা উপাই অমা তৌদুনা হোৎনবা য়াররোইদ্রনে ?

•ইবোয়াইমা—থংদ্রে ইতৈমা তৌগদবসে। ঐখোয়গী লাইবকসে ঈশ্বরনা ওন্থোকনা থিনস্থু তম্বীরমথ্রে। ঐখোয়না ব্রারা ব্রারগা হেন্না হেন্না নুংঙাইরমালে। হে ঈশ্বর নংস্থু লাইরবা ঐখোয়গীদি য়েক্লবনি। ঐখোয়না থম্মোইনুংদা

নিংজবা অদুদি নংনা করিস্থু উবিবা নত্তে। ইনাক-খুনবশিংনা পাপনা তানবা স্না লুপা কয়া মপাপ অদু কোকনবা জোম জোম কৎপদুতনি নংনা পামজরিবা।

( ইবোহল চংলকই )

**লৈবাকলৈ**—খুরা ইবুংঙো লেংথোকপীরকলিবরা? (কোয়েং য়েংবা) ফিদাকাস্থু লৈরমাল্লে।

**ইবোহল—ঐ** ফমদ্রবস্থু য়ারে, ফমদ্রবস্থু য়ারে। ঐনা লাকইবসে অতৈ নত্তে, হয়েং নখোয়না ঐবু ফত্তে হায়নি পাও অমদি পিরমগে লাকপনি।

ইবোয়াইমা—করিগী ওইরবনো?

**ইবোহল**—খংদ্রিবরা ইবুংঙো, ওন্থোক্লা খংজিন্নদবা হৈস্ত্রেদকো নখোয়সে। খংদবা ওইরগনা অমুক্কা হায়গে তাও। নখোয়না নয়ুম ইস্থোল থমদুনা পৈশা লৌগ্রে অদুগা শিংদ্রে। শিংদ্রবদি নামা ওন্থোক্লসি হায়বস্থু তাচৌ লাক্ত্রি তাচৌ লাক্ত্রি হায়দুনা ওৎলৈ পারৈ তৌদুনা লৈরিবা নত্রা? হৌজিক্তি নংগী তাচৌ লাক্লেদনা।

( ইবোয়াইমা থাংফম খংদনা মথা চিকতুনা খুমদনা লৈ )

**মঙ্গি**—( নুংঙাইতনা ) খুরা ইবুংঙো। করিনোনে তৌবিরিবসিবো? তাদসে হৌজিক হোরেল খংদনা লৈরিবনিনে। অমস্থু শোরাং শোনগদবা হংচিত্তা ঙাইরবা। মীগী দশা তারি-বসিবু ব্লাখল করিমতা তৌবিদবা কোকতুবু।

ইবোহল—( শাওবংদনা ) হে নংগী করি নথৌ লৈ। নখোয়গী শিবা নাবা ঐ খংদে খংঙবরা ? শিবা হায়বসিদি মীপুম থদিংমক্কীনিনে। নংসু শিগদৌরিবা ঐসু শিগদৌরিবা। অদুনা তৌগদবদি শিদ্রিতৈঙদা মাগী মাগী তৌফম থোকপদো কোক কোক হেক লোইথোকনরম্বা। মসি মীওইবা ঐখোয়না চৎনগদবা নিতিনি।

মঙ্গি— অদুদি মী অমদা মী অমনা চৎকদবা নিতি নত্তে। আঃ ভঙ্গলদা শা অমনা শা অমদা চৎকদবা নিতিনি। শোক্নুনা লৈববগদা চোংশিনদনা চিকপা কায়বসে শা অমনা তৌগদবনি।

ইবোহল—করি! চৌজিকনা শোকতুনা লৈরবনি হয়েং শিরগনা গংদে হায়গে অসিনিনে। নত্তে অমা নাবগীসু হেক য়েংবীবা, অমা শিবগীসু হেক মতোক তৌরবদি করিগুম্বা নখোয়গী শিবা নাবা অসিনা শুকলেপ হেক লেপত্রবদি ঐদি পমতোক তোকপা তারিনে।

মঙ্গি— ( শাওনা ) অদুদি ঐখোয়গী শিরুম নারুম তৌরবা হকচাংসে শিদ্রিতৈঙদগী হৌনা শেৎ-শেৎতুনা চাবা হৌরগে শিনিনে।

ইবোহল—তৌরিশিবো ঐবু ভাবপু ইতা তাদ্রোন। নত্তে মীগী শেল তোল্লগা খৎনবা হৌরগা শেল শিংদনবা নংবু নেকলমলিবরো। ঐদি খৎন-চৈনবগী থবকসে কয়া পামদে শান্তি পাম্মী, সোসিয়েল পিস পাম্মী, খংলবরা ?

মঙ্গি— ( শাওনা মগোল থক থক নিক্লা ) নখোয়না শান্তি পাম্মী। করম্বা শান্তি, করম্বা সোসিয়েল পীস, তিনফ -কাকফৈগুম নখোয়না লায়রবশিংগী মশাদা নপতুনা ঈ চুপ্পদা লাম্নরবশিংনা লেংদনা লৈবা. অনাবা চৈনাখোল ফাওরবস্মু (মখুং তিংপোক্লুনা মথক্তা য়েংলগা) খুৎ অসিনা নখোয়দা মারক্কবা থেংলক্কবা পায়হুনা লৌথোকতবা অতুগুম্বা শান্তি, অতুগুম্বা সোসিয়েল পিস নত্রা ?

ইবোহল—ইহে ম'স'দ ইঙাও ঙাওরেদনা। ইনাবখুনবা শেন পাম্নবা হায়রবসিদি মনা পুংবা উপালগুম্বনিনে। কালেনগী নুংশানা য়ক লাওবদা শা উচেক কয়ানা উরুমদা পোৎথাবগুম কুমশিগী ফে' শংবাইদা লুপা ৫০।৫০ য়ৌবহুদা ঐগী উরুমদা পোৎথানখ্রবনি। মসিবু ঈ চুপ্পনি হাংগে হায়রিবরনে ! ইবংঙো মঙ্গি, চুম্নগী চুম্না ঙাংনসি, ইরাং থোক্লবা থবকসে খিৎ তৌরনুদা ... ...।

মঙ্গি— খুরা ইবুংঙো অস্মুম্না খুরা ইবুংঙোখোয়না ঐখোয়গী ইথকসিদা নেংখায়রকপসিদা অয়ো অয়ো হায়না খাংজবা চৈনাখোল খাংবগী ইমা ইমা হায়না লাওজবসিবু ইরাংনি, ভাইওলেন্সনি হায়জিনবিগে হায়রিবরনে ?

ইবোহল—( মতোমতা ) হোপলেস ! ঙসিগী সমাজ অসিদি ম্নাদ্রেদনা, অপৈবনা অচুম্বা শাবা ঙাইহাক্তা ...। ম'গী পৈশা পাম্নজববুস্মু মরন্নায় ওইনা শাওবা ঙাইহাক্তা ঙাইরবা .... মরাইদি লায়রজরগা।

মঙ্গি—( শাওনা ) পৈশা পৈশা ! পৈশা ! পৈশা হায়বসে কদায়দগী খোরকপনো হায়বদো হায়বিগে ননাহু তাও। পৈশা হায়বর্সিদি বানা থবক শুরিবা ব্লার্করশিং অহুন। কন্না শু-নোমজহনা পুখোকলকলিবা পোৎখোক অহুগী ভোল্ অহুনি। অহুনা অশেংবা মপুদি ব্লার্করশিং অহুনি। মন্ন থিজিল্লুরবনি, য়মদাংবনা কৈনাবগুম থুবা ইবুংঙোনা চৌরিবদো মপু শাবনা মপুদা পৈশা থৌরবনি, ওৎলিবানি, নৈরিবনি। অহুগসু মবায় লায়রজরগা হায়বা শাই। ( মুন্না শংত্রিক য়েংবা )

ইবোহল থংদে থংদে অহু আদা অমত্তা থংদে, ঐগীদি হায়রম লবা অসিান। হন্দক্কী হাপ্তাদগী হেক হেনবদা পুলিস পুরকতুনা তানখোক্লগদবনি থগু। অসুক কুইবা অসে য়েংবীরকলেদনা

( ঙকচাও পেকতুনা চৎখি )

ইবোয়াইমা— ( মথা ক্রক ক্রক চিকতুনা হৌগৎলগা ) শেঞ্জাও পায়বা নখোয়না নখোয়গীদমক য়েংবীবা য়েংবীদবা চপ মান্নে। নখোয়না নুংশিবীবসু ঈ চুপ্পনি, নুংশিবীদবসু ঈ চুপ্পন। অহুনা নখোয়না তৌনিংবহুতা তৌরকউ।

(অচৌ মশা ফরা ফরা হায়হুনা আনাবা হেঞ্জিল্লকপগী মওং তৌরকই)

অচৌ – ইবোয়াইমা, মঙ্গি ....। ( য়াম্না ব্লানা ঙাংবা )

লৈপাকলৈ— ইবোয়াইমা, মঙ্গি নখোয়বু নংগী তাচৌনা কৌরিমানে।

ইবোয়াইমা. মঙ্গি—তাচৌ !

অচৌ—( ৱানা ) য়েংদু, সংসারাসগী মী তশিবা ছন্দোকক্ষম মংলকসিদা লংজা কাকশিং অদু পাইশিনলকলি

ইবোয়াইমা—তাচৌ ব়া স্নুম ঙাংসবদি অনাবা হেনজিল্লনি। পোৎথাবীনবা তৌবীয়ু।

অচৌ—অদুগা মখোয়না নখোয়দা মচিন্না কক কক ........ থিল্লি চৈনাখোল যাওনতা নাশরে, লেংবদি ....... ঙমদরে ... লেংবদি ঙমদবে ( গক গক তৌদুনা ফুনগৎপা চন্থবক্কবা. শিবা )

ইবোয়াইমা, মঙ্গি— তাচৌ তাচৌ ... ( কপ্পা )

লৈবাকলৈ—পুন্সি। অসিবনে পুন্সি হায়বৎবো। ওস্থোক্না ৱানসু লেল্লিদা। হো ইমা নচাবুস্ন লৌশনবীররোনে ইমা।

ইবোয়াইমা—তাচৌ। ননাওবু করি ওইহৌরসিগেনে তাচৌ। অসিরা সংসার, অসিরা হে জগৎ. হে সংসার নংগী জগৎসিনা, সমাজ অসিনা নিংহৎপিরবা লায়রবা কয় কয়া অস্নুম্না অকংবা শীঙগুম তাতাহনা লৈরিবনিকো।

( কপ্পুনা লৈবা )




Light off

...লাইরবা:—